

# মেহুঙ্গী ঐসৈঙ্ক



# অয়ুক্কী নাচোম

কংলেপাক . . লেচিংলোন অপুনবা মরুপ (কলম)
ইম্ফাল।

ঋতুমক্ষী ঐসং

# অয়ুক্কী নাচোম





কংলেপাক লোইনাসিংলোন অপুনবা মরূপ (কলম)
ইম্ফাল।

তুংলমচৎকী কংলৈ ঈফুরুপকী শিহ্না পাওজেল পুব হী-য়াইগী মচাক্লি খন্ন মনখৎচরগ মপোকসিদ হিংলম্বগী মমল ওইন শিহ্না থৌগায় পাঙনজবনি।

য়াম্ন লুরিবদি, ঙসিগী অনি অহুম থোকপীগী চয়েৎ-চনৈনরব তাঞ্জা অসিমক মীরান লাইনীং নাৎকী লাইরেন্ন পুময়োৎ য়োৎকে হোৎনরক্লিব ঈফুরুপ অসিগী পুব্বারীগী শুক্ল মমলব অহীংগী খোঙদাফম থিরিব অরুব তাংককনি। মতম অমগী নীং তম ঈচেল মপুংফান লৈরম্ব কংলৈ ফুরুপকী শেংলব লনগৈ কয়া খুনজাই লৈচায়ন কেম তোইদুন মাঙখিবদগী লম্মাঙনরব পুব্বারীগী তাংকক অমগী লাইওং পুদুনা নারিব খুনাইনি। ইচম-চম্বা মীৎয়েংনদি তাংকক অসিবু শুক্ল মমলব অহিংগী মশক পুরিবী য়াচঙবদ ঙায়রিবনি হায়জরবসু নোংপোক মায়কৈ অতাম্বদ চীংখৈ ফীদুপ হুল্লকপগী মমিদ অমম অঙাল শিন্নরক্লিব অসিমক্ল অমম্বগী অরোয়ব পনথৈ লান্দুন নোংঙাল্লক্লে তাক্লরি। হীরম কয়াদ য়াওল পুদুনা নোংঙানখ্রে হায়বসি অচম্ব মীৎমাঙদ লৈচীল থাবন যাহৌনদব য়াউরি।

লাংওন মতম য়ৌরদুন হায়নখিব মতম শুরব অসিগুম্বা তাঞ্জাদ লৈবাক খুনাইগী মরুম থুপচা খোয়রী নাওফম্ন মালেম লৈশা ওনখ্রিব লৈহৌলম ইমাগী খোমলাং লমন শিংঙম্নবা পোকচমনগী শিহ্না পাওজেল চেনবদি খোর্জ্জে শুবশিংগীসু মরুনি হায়না লৌজরগা উজরুব খজিক মপা লাক্ল হৈজদব মমি তম্ন শিহ্না পোরম কাঙজরি। কংলৈ ইমাগী ঙকশমদা থোল্লিব য়াইচেম্বী লীকফাঙগী মরক্তা হৈরু হৈগোয়গী লীক্লু অমগুম, কংলৈ অয়ুক্কী নাচোম লাইরিক অসি পুথোক্লব হোৎনবদ মমল যাম্নব পাওতাক পীবিরকখিব, শেল, মতম অমসুং পাঙ্গল তিংনা খুৎ তিংথোকপিরকখিব ঈরৈচা ঈরুপলোয় খ্বায় খিবিক্কী মফমদা কংলৈপাক লোয়নসিলোন অপূনব মরুপন তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

কালেনগী ২৮নি পানবা,
মলিয়াকুম ৩৪০০

**হাউবম সনাজাওবা**
*চিফ এডভাইজর,*
কংলৈপাক লোয়নসিলোন অপুনবা মরুপ,
ইম্ফাল।

# অইবশিংদ

মীওইবগী থম্মোয়দা, ৱাখলদা লৈরিবা/ফাওরকইবা ইনিঙবগী, থিজিন্নিংবগী অনিঙবগী ৱাখললোলশিং অমদি মতম-মতমগী পিথোক্লকপা জ্ঞান-লৌশিং, ফজবা ৱাহৈ কয়াবু মাঙহন্দবা য়াম্না কান্নগনি। অদুগা ফাওরিবা ৱাখললোলশিংদু শিজিন্নফম লৈত্রবদি অরেম্বদা মাঙবা হাইবসি হৌনশানি। পৃথিবীদা ফাওখিবা অইবা কয়া মথোয়-মথোয়গী ইরিবা খুদিংমক লোইনা ফাওখিবা নংতে । মফমনা মতমনা ওইরকপা ঙাক্তনি । অইব খুদিংগী ফাওরিবশিং পুন্সিদা থোকপা থৌদোক ঙাক্তনি, শেমজিন শাজিনবা ঙাক্লী । অদু ওইরবা ফাওবদা মীওইবদা কান্নবা পাউ খরদং পিজবা ঙম্বদুনি মীয়াম্না তান্নরিবা। মরম অদুনা ফাওরকইবা মীকুপ অদুদ ইশিন্বীয়ু, খুন্নাইগী কান্নবা ইবীয়ু, তুংগী মীরোলনা খংহৌনবা লাইরিক ওইনা থম্বা তাই। লাইরিক ফোঙবা শেন চংই, মতম চংই, শঙ্গ চঙই। মচাক অহুমসি হেক য়াওদবদা অরেম্বদা হেক্তা তাই। মরম অসিমকনি কংলৈপাক্কী অইবশিংনা থেংনরীবা অৱাবা। লাইরবা অইবা নহারোল ঐখোয় মদুগীদমক ৱাখল হন্থবীরুনু ঐখোয়সু মীনি। ঐখোয় মশেল মতেং পাংনদুনা অফবা অইবাশিং য়োকখৎমিন্নসি, অফবা লাইরিক ফোঙহৌসি। ইশাগী হুমাংনা তৌজখিবা থবক্কী মহৈদি অরেম্বদা মাঙদবনি।

ফনা লাইরিক হৈরবসু, ফনা চহি য়াম্লবসু 'অইব'/'কবি'/'কলমনিষ্ট' ওইবা হেক্তা ওইবা ঙমদে। মসিদি তোঙানবা পিথোক্লক্লবা খুদোল অমনি। অতোপ্পা ষ্টেটতা, লৈবাক্তা অইবগী থাক ৱাংলবসু লমদম অসিদদি শিংথানদে, অঙাওবা ওইনা লৌনরী, শিজিন্নফম লৈতবগুম খন্নরী। পামজবা খরনা অদুক তৌজবা হাইদুনি। অইবগী অৱাবদি অইবশিংতনা খঙগদবনি। সহরগী গম্লামক ফজনবা শেমগৎপগী মহুৎতা চিঙয়া-তময়াদা, পাৎ-তুরেল কয়া কোইনা চৎতুনা থিরুসি মমল য়াম্লবা মণি-মুক্তা কয়া কয়া। খুনাইগী মাইয়োন চুম্লীবা খোর্জে পাইবা লাম্মী ঐখোয অমতা ওইনা পুল্লসি। হৌগৎলক্লীবা লোইনশিলোই কয়াবু ঙাইদুনা চৎমীন্নবা হাইবসি কংলৈপাক লোইনশিলোন

অপূনবা মরুপ (কলম) গী নিঙজবা আশানি। আশা অসিবু মঙফাওনহন্বা হাইবসি অইবশিংগী মতেং নৎতনা ঙমলোই। কলম হৌথিবা তাং ১।১।০২দা শেমখ্রবসু মীয়ামগী মতেংনা ষ্টেট লেভেল রিসাইটেসন কম্পিটিসন (২।২।০২ এম.ডি.ইউ.) মাই পাক্না পাঙথোকখ্রে অমদি লাইরিক (অয়ুক্কী নাচোম)ইহান হানবা ওইনা ঙসি মীয়ামদা খুদোল তমজবা ঙম্বসি মীয়ামগী মতেংদগীনি। নৌরিবা কলম্বু পুক্নিং থৌগৎপিদুনা ইহান হানবা ওইনা শেনগী মতেং ওইনা লুপা ১০০০/- তেংবাংবীরকপী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরি ডা: কে.আইচ. সোরেজিনি দেবীগী চাউরবা লমল অমসু কলমদা তোনশিনজরে।

লোইন-লোইননা লাইরিক অসি নম্বদা অয়ুক-নুংথিল খাক্তনা অব্রাবা কয়া মায়োক্নদুনা ঙসিগী ফিভম অসি তাহন্বীরিবা জে. বি. প্রিন্টরস, ইম্ফাল অমদি মখুম য়েকপিরকখিবা, অতৈ-অতৈ কযাবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মীয়াম যাওদনা কলম্না করিগুম্বা থবক অমতা পাঙথোকপা ঙমলোই। অইবা খুদিংমক কলম পাইবীয়ু লমদম অসিগী চাওখৎ খোঙথাংগীদমক অফবা থবক খরদি ঐখোয় পুল্লগা পাঙথোকমীন্নসি। মীয়ামগী পাউতাকশিং নৌরিবা কলম্না ফিগাউ শানা য়াজরি। হাপ্পিরকউ লৎনবা লৈতনা।

ইম্ফাল, ১৭ মে '০৩

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম
জেনেরেল সেক্রেটরি
কংলৈপাক লোইনসিলোন অপুনবা মরুপ
নিত্যাইনন্দ কমপ্লেক্স, রিমস রোড

# থমজ-ব্রা খরদং

কংলৈপাক লোইনসিল্লোন অপূর্ব মরুপ (কলম) পোকচবা য়াম্না কুইদ্রি। চহী ফাদ্রি। ঊপ্প-ঙমজদরিবনি। খঙনদ্রিবা নহা-অহল অইবশিং, থোইদোক্লা নৌজরিবা অইবশিংনা মাইকৈ কয়াদগী পাইনরক্লগা উপাল অমদা তোংমিন্নরবনি। ঊশাশিং য়াম্না হাঙজরিবনি । পিবা-চনুরাশিং শকখঙ-মাইখঙনজদুনা অইবগী ইমুং অমা শেমগৎমিন্নরকপনি। ঐখোয় কনামত্তগী খুৎতা সনা লুপা মীচঙ পাঙ্গন মিংচৎ অরঙ-অরাক তৌব-ঙম্বা অসিনচিংবগী মতিক-ময়ায় অমত্তা য়াওনরক্তে। সুকৃতগী লুপা পীবা কলম, চেমন-চেজেৎ খর পায়রগা 'কলম' লিংখৎমিন্নরকই। পান্দমদি ব্রাংই-মশানা তানা । লুপা লাখ কয়ানা ফংলোইদবা অইবগী কোকপু কৈদনো থিমিন্নরকপা, অইবশিংসু মীনিনা হিংদবা য়াদে, শেৎ-চাদ য়াদে, মশাগী-ইমুংগী-খুনাইগী শিন্থালেং পুন্নমক ব্রাত্তে। ইরৈপাকসিদ অইবশিং মশাবু হাৎচবা লোইশিনজব তাব নুংশিৎ মরক্ত লেপ্প ঙমদনা তুনখি। মখোয়গী থবক্কি মমল লৈবাকসিনা পীনিংঙাই লৈত্রি। ইনিংবগী ইহুন্নদি ঙক্ত থৌরী ওইনা হুকচিল্লক্লবদা, থৌরীবু লৈপরেং ওন্থোক্তবা য়াদে কমদৌনি - অইবশিং চূংশিন্নরকই। কোঃ ওপঃ সোসাইটিগুম সেল্ফ হেল্ফ গ্রুপকুম, সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্তগুম অইবগী তাইবংসু ওন্দবা য়ারক্ত্রবদা, ফিদমবু ফিদমনা কৌরকখি। অইবশিংগী লৌবুক অমা শিনশঙ অমা লালগুম্না শেমদবা যারক্ত্রে। অইবদি খোর্জৈখক্তনা মাগী খুৎলায়নি। খোর্জৈ পায়বা লান্মী অমমম অইবগী খুনাই অমগীদমক মেতরিএল ব্রান্ডসিদা এদভেনচর তৌনিংলকখি চাং যেংনিংলকখি অইবশিং পূল্লকখি।

মতম কুইনা সলাই তরেৎকি চাদা নাউদাফম শেংলবা ইরমদমগী লৈহাওসি শিৎতুনা লাক্লবগুম নহা-অইবশিংগী মীত্ত উরকই। সাইন্স কমপ্যুটরগী চকসিদা ইন্দিজিনসকি ময়ায় খিক্তুনা কংলৈ লৌবুক্তা লোইনসিল্লোনগী উমং, হৈকোল-লৈকোলগী মঙ-মঙলকই। হায়বদা লায়বমুক থবক্তি লায়দে। নুংগী পানগী মতেঙ, লমজীংশিং ইরৈচাশিংগী অহল্লমন, অখঙ অহৈ খিবিককি মফমদা নিজব্রাবু থমজৈ। সিন্নাইরোন খুদিংগী লোইনসিল্লোন ওইহলমিন্নসি 'কলম' বু খুৎ সমবিয়ু। হৈনা চৎপা তম্বিদুনা মাঙদা চৎখ্রবশিংগী খুনাম তুংবু ইনজবা ঙমজগে।

ইম্ফাল, চৈচৎ ২৫।৫।২০০৩ — কৈল. সনাহোঙব মঙাঙচা
য়ায়তোংবা
কলম (কংলৈপাক লোইনসিল্লোন অপুনবা মরুপ)

## কংলৈপাক লোইনসিলোন অপুম্ব মরুপ (কলম) না শিঙ্গব।

*তাং ২-২-২০০৩ ইংগী ১বা শৈরেং চাংদমনবগী মহয় (অমদগী তরা ফাওবা)*

| মথং মথাও | মিং | লৈকম | শৈরেংগী মমিং | ৩০০গী মনুংদগী কংথখিবা |
|---|---|---|---|---|
| ১. | থমকচম ইমরজিৎ | কোংবা মথা নাওেমবম লৈকাই | "জননেতা ইরাবোতকি মকমদা" | ২০২ |
| ২. | কিয়াম রিনা দেবী | খুন্দেকপী মোইরাং | "শান্তি" | ১৭৮ |
| ৩. | মহম্মদ সবির জাবেদ | কৈরাউ মকতিং ময়াই লৈকাই | "পৃথীবী অষ্টমসুবা থাজাও হৌরক্লমারে" | ১৬৭ |
| ৪. | মাখেমথাম্বা খারেম্বা | হাওবম মরক খিংতেল | "নৈবু মত্রি ওইহন্নু" | ১৬৩ |
| ৫. | ওইনাম চনু মতাম্লেমা | উরিপোক সোরবোন খিতেম | "ইখন্ত থাকপনি ইখন্ত হনথিনি" | ১৬৩ |
| ৬. | তাংবম রাজেশ | য়াইস্কুল চীঙাথম লৈরক | "তীর্থ যাত্রা" | ১৫৯ |
| ৭. | মোইরাংথেম কুমারজিৎ | খাংতবোক - ৩ | "পুন্নমক নতগী মচানি" | ১৫৫ |
| ৮. | মোইরাংথেম সংগীত সিংহ | খাংতবোক - ৩ | "কন্তরি শিরাংসে" | ১৫২ |
| ৯. | খোঁদাম নিরুপমা দেবী | হৈঙাং থোংখোঙ | "মরায় চায়থরবা মণিপুর" | ১৪৫ |
| ১০. | থাইদ্রম তম্ফামনি | শমুরৌ ময়াই লৈকাই | "শতাব্দীগী থরোইবা চহীচাদা" | ১৪৪ |
| ১১. | প্রেমজিৎ হৈস্নাম | খুরাই সোইবম লৈকাই | "তসিগী সনা লৈবাক" | ১৪২ |

*Chief Guest* : Dr. Kh. Sorojini Devi,
Dy. Director, Arts & Culture/Secy. MSKA

*President* : Haobam Sanajaoba, President, AMCU.

*Guest of honour* : Dilip Mayengbam, PEO, AIR-Imphal
Lanbon Kabui, Secy. Gen. AZACO.
Kayamuddin Pukhrimayum, Secy. ICRO

*Hon'ble Judges* : Dr. Lanchenba Meetei, Dr. K. Santibala
S. Nilbir, Rtd. Principal, DMC (A&C)

ইকায়খুম্নজরবী চিফ গেষ্টনা পুক্লিং থৌগৎপিবা ওইনা নুমিৎসিমক্তদা শেন ওইনা লুপা লিশিং অমা তেংবাঙবিরমথি ।

- 'কলম'

# মাঙজৌনবা ৱারোল

কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম) না পুথোকপা ''অয়ূক্কী নাচোম'' কৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিকসি প্রুফ ওইনা লৈরিঙৈদা পারে। খৃষ্টগী চৈচৎ ২ ফেব্রুৱারী ২০০৩ দা লূপসিনা শীন্দুনা লৈপাক্কী থাক্তা পাঙথোকখিবা শৈরেং থীবা চাংদম্নবদা শরুক য়াখিবা শৈরেংশিংদা মপূং ওইনা য়ুম্ফম ওইরগা অনৌবা শৈরেং খরসু হাপচিন্দুনা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক্নি। লাইরিকসিদা হাপলিবা শৈরেংশিংগী অইবা খুদিংমক অনৌবা অইবা ঙাক্তনি। মরম অদুনা মখোয়গী ওইবা শৈরেংগী মীৎয়েং অমদি ৱাখলগী পরিংদা অতোপ্পগী মমি তাশিন্দে। লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং লৈহাউসিগা চানবা মওংদা মতমগী হোংলক্লিবা ৱাখলগী ঈনোৎ অমসুং ইহৌল য়াওনা ইবা শৈরেংশিংনা অয়াম্বনি। শৈরেং অয়াম্বদা শৈরেংগী ওইবা লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) গী মচাক অসি নুংগী ওইবা ৱাফম (কনটেন্ট) না পানগী ওইবা ৱাফম (ফোর্ম) দগী হেন্না লূমথবগুম থেংনৈ। মরম অদুনা শৈরেং অয়াম্বদা অইবগী ৱাখল মীৎয়েং ময়েক শেংনা পুথোক্লবা হোৎনবদা শৈরেংগী ওইবা পানগী খুৎশেম (আর্ট) কী ৱাফমদা অইবশিংগী পূক্লিং চঙশিল্লুদে। অনৌবা অইবা ঙাক্তা ওইবা মরম্না মীখুৎ চঙদ্রিবা তগৎ-তগৎ তেকপা শৈরেংগী মশক অমদি লাইরিকসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই।

'অয়ূক্কী নাচোম' কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিদা অইবশিংসিনা ফোঙদোকলিবা ৱাখল্লোন অয়াম্বা ইমান মান্নে। মপূং ওইবা মশক অমা উংপা তারবদি কংলৈপাক (মণিপুর) কৌবা লমদমসিদা ঙসি ঙসিমক থেংনরিবা শেনমীৎলোন, লৈঙাকলোন, খুন্নাইলোন অমদি লাইনীংলোম্নচিংবগী মাঙথ-মূৎথরক্লবা মশকশিং অসিদা পেন্দবা ফোঙদোকপনি। মীৎকূপ অমত্তা তংদু লৈতানা হিংবা ঙমদবা, মীওৎ মীনৈ অমদি মীওইবগী হক খোঙগাওনবগী শারমচৎ ওইবা থৌদোকশিংসিনা নোংমতা কাংদনা থোরকপসিদা লমদমসিগী মীচমশিং নুংদা হীক্লা তেংথারি। মখোয়গী তেংথাখোলদুনি অনৌবা অইবশিংসিগী খোর্জেৈদা শৈহেক নাইরক্লিবা। ঙসিদি সনা লৈবাক কংলৈপাক অসিদা মীনাই নাইথাঙগী লীচৎনা লাইজৌদুনা লৈখ্রে। অমুবা চৎন-পথাপ কয়ানা লৈঙাকলোনগী পাম্বৈ ওইখিবদগী লমদমসিদা হিংলিবা মীচম কয়াগী পুন্সিবু তৎতনা খোঙ্গাওনরি। নীংতম্লবা লৈবাক অমদা নীংতম্বা ফংদনা লেল্লিবা মীচমশিংগী চাক্লবা থম্মোয়গী

খোল্লাউ পুবা শৈরেংশিংগী মরক্তা খুরক্কী ঈনা লাই শাবদগী থোরকপা ঙমখৈগী ব্রাথোক অমসুং চীংমী তম্মীগী মরক্তা হূ কামশিন্দুনা নুংশিনদবগী ইহুল শাগৎপদগী থোরক্লিবা ত্তমথীরবা থৌদোকশিংগী চৈফূনা মীচমগী থম্মোয়দা তৎতনা য়ৈবগী খোস্থাঙ লাইরিকশিগী শৈরেংশিংসিদা নিল্লি। মরম অদুনা ঙসিদি লমদমসিগী মীরোলসি চনীং তানা অমুক্তং ব্রাখল খস্থহন্নীংবগী অপাম্বা ফোঙদোরকই। চয়েৎ চনৈনরবা মরকসিদগী অশেংবা ব্রাখল-মীৎয়েং পুথোকপা পাম্বগী অনীংবা ফোঙদোরকই। মদুগী পাম্বে অদু অইবশিংগী খোর্জেনা ওইসি হায়বনি। মতম অমা খুন্নাইগী মমিদি খুন্নাইদুগী লোয়নসিল্লোন্দা তাই হায়দুনা লোয়নসিল্লোন্দুদা তারিবা মমি অদুতং য়েংবগী মহুৎতা লোয়নসিল্লোন্দুগী পাম্বেনা খুন্নাই অদুবু শেংদোক্লবা অমদি শেমদোক্লবা হোৎনবা য়াই হায়বগী ব্রাখল মীৎয়েংদু ফোঙদোকপনি। শম্না হায়রবদা লোয়নসিল্লোনসিমক খুন্নাইবু শেংদোক্লবা খুৎলাই ওইসি হায়বনি। অদুননি লাইরিকসিগী শৈরেং অমদা অসুন্না হায়রক্লিবা -

*ফৌইনতোক ঈনসি হুমাই হুমসি হৈ-হা*
*ফৌচেত-ফৌগাই ফৌহাম ! তাল্লসি ঙসি নোং !*
*খৈন-য়াংকোক খপসি খৈসি হৈ-হা !*
*ফৌমান ব্রাইরু হাইদোক তাল্লসি মচং ঙসি নোং !*

কংলৈপাক লোইনসিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম) গী অহানবা পুথোক্লিবা শৈরেংগী লাইরিকসিদা অইবশিংনা অমদি লূপসিগী মীওইশিংনা থমলিবা পাম্ দমসি ফংবা ওইসনু।

*লনচেনবা মীতৈ*
১১।০৭।০৩ইং

---

# য়াওফম তাকপা

# ꯃꯅꯄꯔ

ꯇꯪꯍꯨ
ꯑꯣꯏꯕ
ꯑꯁꯤꯃ ꯃꯣꯔꯕꯨꯗ
ꯁꯤꯃꯥꯡ ꯁꯤꯃꯂꯣꯃꯗ ꯗꯄꯥꯂꯣꯃ
ꯍꯦꯕꯝ ꯃꯣꯇꯦ ꯄꯍꯇꯪꯋꯗ ꯍꯦꯕꯝ ꯑꯣꯕꯔꯤ
ꯇꯣꯅꯥꯡ ꯍꯪꯃꯇꯨꯕ ꯃꯣꯍꯦꯕ ꯁꯦꯋꯔꯤ
ꯗꯍꯪꯃꯂꯨ ꯁꯦꯅꯄꯔꯤ ꯗꯗꯦꯅꯂꯨ ꯄꯪꯋꯇꯔꯤ ꯇꯦꯕꯗꯤꯃꯂꯨ ꯀꯣꯋꯇꯔꯤ
ꯗꯥꯡꯍꯔꯤꯃꯤ ꯑꯄꯣꯃꯔꯤꯗꯤ ꯗꯨꯃꯂꯤꯕꯔꯤ ꯃꯣꯇꯣ ꯕꯍꯦ ꯫꯫
ꯗꯁꯦꯂꯤꯃꯗ ꯍꯤꯕꯦꯕꯕꯥꯁꯥ – ꯇꯍꯦꯃꯗꯕꯥꯁꯥ ꯃꯨꯕꯕꯪꯍꯦ ꯕꯍꯦ
ꯁꯗꯇꯪꯍꯥꯡ ꯁꯣꯏꯍ ꯗꯨꯃꯂꯤꯔ ꯕꯍꯦꯥꯡ ꯍꯤꯁꯣ ꯗꯨꯃꯋꯦꯋꯔ
ꯍꯦꯍꯇꯦꯃ ꯇꯍꯅꯗ ꯕꯍꯦꯥꯡ ꯃꯨꯍꯑꯣꯋ ꯍꯨꯃꯤꯃꯥꯡ ꯄꯥꯁꯤꯅꯇꯥ
ꯂꯤꯃꯀꯃꯍꯃꯕꯔ ꯇꯍꯅꯔꯨ ꯃꯕꯤꯥ ꯍꯁꯦ ꯄꯍꯇꯕꯨꯗꯤ ꯫꯫
ꯁꯋꯕꯥꯡ ꯂꯨꯍꯦꯃ ꯍꯕꯣꯔꯨꯃ, ꯗꯁꯦꯕꯤ ꯗꯍꯦꯍ ꯄꯋꯁꯕꯥ
ꯑꯣꯥꯁꯤꯕꯦꯥꯔ ꯗꯁꯦꯂꯤꯃꯔꯨ ꯀꯥꯁꯤꯕꯦꯪ ꯑꯍꯦꯋ ꯑꯕꯦꯋ
ꯁꯨꯇꯕꯥꯄꯕꯔꯂꯨ ꯍꯍꯅ ꯦꯕꯔ, ꯍꯦꯁꯇꯕꯥꯄꯕꯔꯂꯨ ꯍꯄꯤꯥ ꯄꯪꯋꯔ
ꯗꯍꯦꯕꯗ ꯇꯣꯁꯋ ꯑꯣꯕꯗ ꯍꯦꯕꯤꯔ, ꯁꯨꯥꯗꯤꯃꯥꯡ ꯇꯃꯦ ꯇꯣꯃꯣꯅꯨꯃꯥꯡ
ꯄꯪꯥꯁꯕꯨꯗ ꯑꯗꯪꯍꯔꯕ ꯂꯦꯅꯁ ꯍꯨꯅꯗ ꯇꯍꯔ ꯏꯣꯇꯔ
ꯍꯦꯕꯤꯔꯋ ꯦꯣꯔ ꯄꯍꯇꯕꯨꯗ ꯇꯣꯕꯦꯃ ꯍꯁꯨꯋ ꯂꯪꯍꯇꯕꯥ
ꯃꯅꯄꯕꯤꯍꯪ ꯇꯅꯗꯔꯤꯨ – ꯗꯁꯦꯂꯤꯃꯥꯡ
ꯑꯍꯨꯃꯃꯤ ꯦꯁꯣꯍ



# অপুই কন্দি

- লানবোই কবুই

চিংরুই গুইনা পি শুমৈ
চিংমৈরুই গুইনা দিংগাকবন্মৈ
জেনমৈ অপুই কন্দিএ
হো অপুই মণিপুর

*(চীঙন কোয়ন পনশাব*
*চীঙমীন কোয়ন পনঙাকপ*
*নুংশিবী ঈমা লৈবাক্তি*
*হে ঈমা মণিপুর)*

তিংকুম চিংনৈ বূন
অপুই নংতা দিংজাওবন্মৈ
অশৈথো রেল্লরখোনথে চিংমৈগোই
জিপঙমকথোকমিক লক্ল-লক্ল।

*(চহী লিশিং অনী হেন্না*
*ঈমা নঙবু ঙাকচরকপ*
*ঙসিদি রারমাল্লে চীঙমীশিং*
*তুমথখ্রে মমিং পাঙন-পাঙনা।)*

চেংথাওরখো জিপবম্মৈ নংচনাগোইতৈ
থাওখো ততরখো চিংখো
কগন রিকনেতৈখো চেংথাওপুরকখে
অতাওনি কগন নাইদিহে।

*(থৌদোক্লাসি তুম্লিব নচিন-ননাওশিংবু*
*থৌগংলো চংলাসি চীঙদ*
*মতম হেনখ্রবদি থৌদোকপ য়ারোই*
*থৌজিকসু মতম শৌরি।)*

কগনতোং তনকমৈ পোনজিংরুই
লুরাঙম কন্থে থিংবং তাওবংগোইনি
দিংগাক ঙম্মকখে অপুই কন্দিত
পংলৌঙমকন্থে বানশিন হৈজুমৈ।

*(মতমগী কল্লবা নুংশিতনা*
*ঙমদোকাখ্রে উপাল রাপালশিংসু*
*ঙাকপ ঙমদেঅ ঈমা লৈবাকপু*
*থাদোকাখ্রে খুতসু থাঙলেন ঙমুমক।)*

নৈখতনসিনি থনলৌমক চিংমৈগোইতা
তকুম তকুম লুংবমতোং ?
তবুই তবুই তু-জংবমতোং ?
জেনমক্লচো চিংমৈ নংচনাগোইতা।

*( নোংমতসু হুংগুদে চীঙমীশিংদ*
*করম করম পাল্লি ?*
*করি করি চা-থক্লি ?*
*নুংশিদবরা চীঙমী নচিং-ননাওশিংবু)*

জাংখৌ বস্মৈ চনা-পুনাগোইথো
মিক লকপতনা জাওথো
বানখৌ বানশিন শিনথাওথো
অপুই কন্দি দিংগাকখং।

*(তমদ লৈরিবা ইচিং ইনাওশা*
*মীং পাঙখোক্লগা য়েংলো*
*খুত্তি খুতসু থাঙলেন পায়খতলো*
*ঈমা লৈবাকপু কন্নব।)*

থাওমৈবম পোংমৈবম অখৎনদে
মুনচোং ’খৎনখৌ মুনপোংদে
চিং-জাং অখৎনদে
পুই খুৎ না নাপোন্দে।

*(থৌফম শাতফম অমত্তনি*
*লৈখোক অমত্তগী লৈরাংনি*
*চীঙ-তম অমত্তনি*
*ঈমা অমত্তগী মচানি। ●*



# লুঙথৌবু ঙাহান

(লোইবী চীঙগী তাবুদগী
থাঙ্গাল খুলঙ ঈশৈ অম)

- *খোমজিনব :* হাউবম সনাজাউব

অঙকা কালোঙ কাতোং লোঙ
অনদা কাবোম কাপিন বাম
হি তৌঅনাউ অযো নৌ
চহৌ গাই কাপোক যাং
অনথিম অনতুবু চিনাঙ থানৌবী ?

*(থাঙ্গাল চীঙদোঙ অতোঙব*
*লৈবাক লৈহাও চেনব লম*
*অসিদমক নুংশিব অঙাঙ*
*নুংশিজে পোকচমলগী*
*নৌন অঙকপ অদু নহাক্তবা ?)*

লুংথৌবু পুই অঙখলানি
কাগুই মাঙ অনদান কাহা যাংবু
গালে গালেবী কাগুই কানবান গুইযাং
অংখম কাদৈ অম্বাম।

*(লুংখৌবুগী ঈমা অঙখলানা*
*অফবা মঙ তম্লম্বগীদ*
*চংলাগবা অফব মিংচংকিদমক*
*অচৌব তমপাকলম)*

অনজৌ অনরাক অন্দানসোত
অনৈতে গোঙবা লা গুইবা
গাঙদৌ গানদৌ কাথেকা
থেমতাংকি মদানৈ
অনাউ কালৈ হৈ চাহৌ পাইথানৌ।

*(মীং-না শিংথোইন খঙব*
*মীতৈ নিংথৌ চীন য়াংব*
*হায়নু হায়নি অহৈ অশিং*
*লৌশিং হৈব চা কয়া লৈ*
*মহাক্তনি ঈচা তোম্পোক নুংশিবা)*

গমভীর মীতৈ শম গুওংব
নংগ্রৌ নংগ্রেক কথেমবু
হেমফৈ হেমরানি নৈদৌ
কাপিন রাম গুই য়াংচি
অনাও লুংথৌবু গুই থাঙ থালেবি ?

*(গমভীর মীতৈ তম্পাক নিংথৌ*
*নরৌ লৌশিং অহৈব*
*থেমদোক থেমজিন তৌরনু*
*লৈহাও চেন্ন শমগী*
*ঈচা লুংথৌবুগী ইজ্জত ওইবরা ?) ●*

*পুবারীগী তাংকক অমদা :*
*( ' থাঙ্গাল শুরুংদ পোকখিব লুংথৌবু থাঙ্গালবু মীতৈ নিংথৌন পুবিন্নবদ মাবু পোকপী পলেম অঙখলা ( চরাইখোলা ) না থাঙ্গাল চীঙগী নাপোমদ লেপ্পুন খা মায়কৈ ওন্ন কপহৌই। কায়ন মৈচাক খাঙবদ রাজরবী মমান তেংথাখিব ময়োক্তি। থাঙ্গাল চীংমায়দা খোম্বাং য়ৈরম্ব তেংথাখোল অসিনা মমৈদদি থাঙ্গাল মীয়ামগী খুলং ঈশৈ ওইহৌরে। ঙসিগী চীঙলেমলব থৌরমশিংদ য়াম্ন অখন্নন শৈহৌ নংগ্রগা শৈরোয় ঈশৈ ওইনা শক্তনা ঈরৈচাশিংগী থমোইবু শুক্ষণ্নেলিব তেংথা ঈশৈনি। '')*

# ঐগীদি ঈমা লৈজে

অরাম্বম-চা তোমচা লুৱাং

নখোয়গীদি ঈমা লৈজদ্রা ?
ঈমা লৈজদ মচারা ?
ঈমাদি কদায়দ চৎখ্রবনো ?
করিগী ঙসিফাও খঙদ্রিবনো ?

ঈমান পোকপিরমদ মচারা
ঈমাদবু ঈমা কৌনিংদরা
ঈমাবু মসক তাকঙমদ
হল্লগে খনবরা মালেমদগী ?

ঈমা লৈজে ঐগীদি
লায়রবী ঈমা ঐগীদি
লায়ববী ওইরসু ঈমানি
কৌজরি অপোকপী ঈমা!
সান্নজরি ইনীংতম্ন মতম্বাক্ত।

ঈমাবু ঈমা কৌনিংদ
কবম্নবু মালেমদ সকতাক্কনি
মীনশ্বদি কুইব য়াদবনি
নোংমদি সোয়দন মায়থিরনি। ●

# পুৱারীগী লমায়

- ইমোরজিৎ অমকচম

নুংশিদকো ঈমা হে ঈরৈবাক
যেংলগ ঈমাগী চেংলৌ
তারগ ঈমাগী কোলোয়
য়েংজনিংই হাংদোক্তন
ৱাবী শীংবুন অদুঙৈগী
লাৎলম্ব পুৱারীদ।
খোংজোম লালফমদ অদুঙৈগী
থৱায়ন পোন্থাখ্রব পাউনা
আগষ্ট ১৩ অদুঙৈগী
নোংমনখ্রব থৌরী কোঙ্গোয়দ
কোইরেঙ, থাঙ্গাল, চবাই থাঙ্গাল
মুৎলবোইদো পুৱাবীগী লমায়দগী।
চাকলাম খোঙচৎ ইং ১৯৬৫ আগষ্ট ২৭
লাউখিবনি চাক পীয়ু ঐখোয়বু হিংহল্ল
পাউখুম পীরকখি মীরান মীতোপ ওইন
মীওৎ-মীনৈন, সঙ্গিন, নোংমৈন
থৱায় কৎখি নিলমনি, নবকুমার, প্রমোদিনি, চাওভল
নুংশিদকো হে ঈরৈবাক।
ঙসিদি শেন্দোন্না খ্বাঙ কোযরব
লৈকঙলা ওইব' কংলৈপাকসিদ
অকী তুজুংলব থৌদোকশিং
হৈরাংঙ্গোইথোং, রিমস, মালোমগী মীহাৎ
ওইনাম, লাংজীং, উখ্রুলগী চনু রোজ
নতমপাক্তনি ঈমা শরাক তমখিবদো।

ঈরাক্লদুন শিখিবরা নিলম পঙ্ক ভয়া
খঙলিনি ঈমা নঙনদি অশেঙবদো
তাঙন ফংজবী তমফাসনানি পলেম পন্থৌগী
নতমবাক্তনি তমথীন হাৎখিবদো।
লমলেন উয়ুমপোক্কি লৌমী চাওব।
থাংমৈবন্দগী বিজয়কুমার, কোয়রৌগী নেতাজী
ওইনামগী আমিনা, ক্বাকৈথেলগী প্রভাহিনি
শৈরাংব বিরননি হৈস্নাম্ব, অংথাগী সনামচা
ইং কুমজা ২০০১ জুন ১৮ পুন্সি ১৮
ৱারী শীংবুলনি লোইনাইদ্রব ঈমা নঙগী।
চৎখ্রে থৱায় কয়াসু
ঈ মশেলগী লালদ
উখিদ্রে নিংথৌবী নশক পলেমগী
অদুবু হিংলিনে শিরব থৱায়শিং
পোন্থা পীখিবা নহাক্কিদমক
মরায়বক ফরব অশেঙব নচাশিং।
ঙসিদি কোনুং কৈথেলদ গান্ধী নেহরু
মীয়ানচাশিংগী শক্তম কংলৈ কংলাদ
লৱাই লেমফুদ খোঙনেৎনব
চঙজরুই ঐখোয়গী কংলাদ
ঈনথোকপীবকই ইঙক পায়দুন
সিফায়না আসাম রাইফলসকি।
মচু ওনখরে ইম্ফাল তুরেলগী ঈচেল
চেলহৌই কপ্ন ঈমা নম্বুল
য়েংঙমদ্রে ঈমা নঙগী শকলোল
নিঙশিলুরগ হৌখ্রব ঈমাগী পুৱারী। ●

# রেবিকা

- সোইবম বিশ্বজিত

ঈংলব মেবাগী থাবলদ
পুক্লিংগী লৈকোন্দ লৈশাং তম্লম্বী
নির্ঙথজরবী থম্মোয়গী লৈবাংও
কযাদ খোযদাজখিব থৱায়ন;
কৌজহৌনিংব তত্তন মিংলেনদো
ঙম্লবোই খল্লুবদ অমুকহন্ন
অমুক্তুং হবাউন কৌজগেকো
'বেবিকা' !

ফাইবেনগী লৈচীল মবক্ত
তারমদাই থাজগী মঙালদ
মমি শামমি লেপ্লম্বী
নিঙথিজববী নহাক্কি নিংশিং শক্তম
কাউব ঙমদ্রব পুন্সিন
বাখল কয়াগ লোযনন
মঙলান অসিন মঙফাওনবম্লব
কয়াদ পেনজগব থম্মোযসিন।

পুন্সিগী য়েনীংগ লোয়নন
নিঙথিজরবী নহাক্কি পুন্সিন
তামখ্রবসু ঈফমদগী লাপ্ন;
পুন্সি খোঙচৎ তুংইন্ন
তাইবঙ শিম্থা লোইরগ
লাইরমলেনগী অচিকপ
লাইরৈবাক্কি লৈকোলদুদ
শাৎমিন্নসি লৈখোক অমত্তদ নঙ-ঐ
অঙৌব লৈরাং ওইন।

থম্মোয়গী লৈরাং লৈনুংশি
লাইবক ফবী শীংঙেলও
হন্দক মপোক অসিদ
নোংদম থীব নোংদম্বন
তম্বীরমদ্রসু পাখঙ লাইবক্ত
পীজরি নুজা নফমদ
শেংল' থম্মোয়গী য়াইফরোল
'ওইয়ুকো য়াইফবী
মপোক লাংওন খুদিং
নিঙথিজরবী থম্মোয়গী লৈরাংও'। ●

# পৃথিবীগী অহুমশুবা লাঙ্গাও হৌরক্লমাল্লে

- এম ডি সালিমজবেদ

হিংবাদ হিংনিংলি, অতাঙবা মীওইপোক্লি খন্ন
য়েংবসু য়েংনিংলি চহিচাশিংগী শক্লোনসে
মায়হিং কারবা খুনাইগী মায়থোংদা
তারিবা দশা, থোক্লিবা থৌদোকশিং
চাওখৎপগী ব্লাখলদা হৈ শিংবগী ইথিলনা
থুগাইনবা হোৎনরি মালেমগী চিক-ঈংবা
মায়কৈ খুদিং লানগী লৈচিল
খুৎলাইগী লমজেলদা মাঙ থারক্লিবা
মব্লা তাবীদে য়ু এন ও গী সন্দাই
মীহাৎ থীবগী চক অসিদা
পুন্সিদগী মমল য়াম্লবা হেন্ন
ফিরাল চৈথোক্লা ফিদমদগী হেল্লবা
হিংবতমক হিংলিবা লৈবাক ১গী মপু
তাও ! চৌক্রি লংনবগী খোঞ্জেল।
ইন্দিয়াগী পুন্সিনা তেংথারি
পাকিস্থান ওকুপাইদ কাশ্মীরগীদমক
শ্রীলঙ্কাগী পুন্সিনা তেংথারি
লোইচনখ্রবা জাফানা পেনিনসুলাগীদমক
আফগানিস্থানগী পুন্সিনা মৈশা লাংলি
বাখৈব ঙমদ্রে মালেমগী ব্লাথোক

নোংচুপ এসিয়া ইন্দো-পাক উংখৎনরিব
সোমালিয়া-রুৱান্দাগী সিভিল ৱার
রুসিয়ানা চেচেন খুদুম চনশিনবীবা
চাইনানা টিবেট লৌশিনবীবা
বৃটেননা নোথর্ন আইলেন্দ নমথদুনা থম্বীবা
ইজরেলনা পেলেষ্টাইনগী লম মৎপীবা
পাকিষ্টান্না ইন্দিয়াদা ইন্ট্রুদর্স থাজিনবীবা
য়ু এস এনা অগানিষ্টান্দা বোম থাদবীব
য়ু এস এনা ইরাগতা ৱার তৌব
পুন্নমক ৱায়েনবা ঙমদ্রে রাষ্ট্র সঙ্ঘনা।
পুন্নমক ৱায়েনবা য়ু এন ওনা
সমস্যাগী সমস্য মরকসিদা
ঈংনা চিক্লা লৈজরম্বী
ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
চীকনা লেম্না ঙাল্লম্বী
কোলোয় মিংলেন্দি কংলৈপাক
সনা লৈবাক মণিপুরসু
চায়ন পুঙদুম ওল্লক্লে।
প্রলয়গী মৈরী চুগদৌরমাল্লে
তাইবংগী মপুনসি লোইগদৌরমাল্লে। ●

# নুঙগী শকফম

- য়ুম্নাম চনু উত্তম্বলা

চিন্নদন কেল্লবা লৈরাং কয়াগী
হক মৎপিগ্রব মীওইবশিংগী
মচা কায়নখ্রবী নুপী ওইবীশিংগী
মপুরোইব হাৎপিগ্রব লৈমশিংগী
মীওৎ-মীনৈ মরকসিদ মীওইবশিং
ওইখ্রে নুঙগী শকফম
নুঙগী শকফম, নুঙগী শকফম।

মীন মীবু নৈহৎ পিরব
অকম্বন অশোম্ববু নমহৎপিরব
লায়রববু ইনাকখুম্বন তুহৎপিরব
অচুম্বগী মমি শামখ্রব
ব্রাকৎফম লৈত্রব লমদমসিগী মীওইব
ওইররে নুঙগী শকফম
নুঙগী শকফম, নুঙগী শকফম।

মহৌশাগী ফজব
খুৎশেমগী অওনব
অপূনব মালেম
মাঙথরক্লবা পৃথিবী
মাঙখিদৌরব মীওইব কয়া
ওনখরে নুঙগী শকফম কয়া
নুঙগী শকফম, নুঙগী শকফম।

ঙসিগী মীওইব
হৌজিক্কি খুনাই
চকসিগী তাইবংপান
তাইবংমীগী পুৱারী
মীওইবগী চৎনরোল
ওল্লে পুম্নমক নুঙগী শকফম
নুঙগী শকফম নুঙগী শকফম।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণন
মহারানি তুলসীগী
সতী চাংয়েংখিবদ
নুঙগী শকফম ওনখিবগুম
সভ্যতাসিগী মীওইবশিং
ওইরে নুঙগী শকফম
নুঙগী শকফম, নুঙগী শকফম।

অওম্ব মালেমসিদ
অহোংব খুনাইসিদ
অনৈব ঈচেল্লকসিদ
অমোৎপ উফুল্লকসিদ
লৌশিং মাঙথ্রব মীওইবশিং
ওল্লে নুঙগী শকফম
নুঙগী শকফম-নুঙগী শকফম। ●

# অরোয়ব মঙফাওনব

- ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

পম্বুং লৈত্রা খল্লি
অদুবু,
লৈরমদে লমখৈ
চৎলে চৎলগ শাংলকই
পোখারগ ব্বারকই
অফবসু ফত্তবসু কিরকই
শিবসু পাল্লকই
ব্বানা হিংলিবা মীয়াম'সি উবদ।
শক্তি তান্নরক্লি
থৌনা লৈবা উৎথোক্লরি
হিংবসু পাম্নরকই
মীওইব খুনাই মুৎখ্রগদ্র খন্দুন।
মীওইবগী অপূম অশাগী মনমদ
শরু শয়াঙ মরকসিদ
নাইতোম তান হিংব কিদুন
মীয়ামগ হিংব পাল্লকই।
ব্বাখলগী ঈপাক্লুদ তাউরুরগা
নীংঙমখিদ্রে
অরোয়ব মঙফাওনব মীকুপ্ত।



# খোঙফম সেইরেং

*কৈথেল্লাকপম সনাহোঙব মঙাঙ*

**অই-লান্মী**

লালফমগী লালফমমক্ত,
লালনাওদগী লালজাওফাওগী
উদব লালদে অউব লালফাওগী
লান্মী ওইদব কনা লৈ লনাইদগী খুনাইদগী,
খোরজৈগী খুৎলায় পায়ব অইব লান্মীশিং
ঙরাঙগীদুদ লাল্লুল্লনু ঙসিগীদি লালজারনু
লালজঙলসি হৌজিক হয়েংগীদমক।

**নুঙ ওলহৌসি হায়রি**

হকচাঙ পীথোক্ল থৱায় কৎথোক্ল
অসুক সাংন নীংহন্নদ চঙশিল্লক্লগ
লেপ্লুদৌব লৈরবা মীয়ুমগী চুবি'দ
কৌরুদৌব লৈবব মীমাদ ঈমা !
নুঙ ওলহৌরসি মফমসিমক্তদ খুদকসিদ
খুনাম থিরকনিংঙাই খোঙ্গুন লীবকনিংঙাই
মমল লৈন মায়থীরসি তুংদসু হন্দ ঙসি।

**লাংদাই ঈশৈ শকমিন্নসি**

ফৌইনতোক ঈনসি হুমাই হুমসি হৈ-হা!
ফৌচেত-ফৌগাই ফৌহাম ! তাল্লসি ঙসি নোং !
খৈন-য়াংকোক খপসি খৈসি হৈ-হা !
ফৌমান ৱাইরু হাইদোক তাল্লসি মচং ঙসি নোং !
লম্মখাঙদ ইতোৎ-তোৎল ঈরোল-ঈয়েক
খাঙঙুথক্ত ইতৈ তৈর ঈনাৎ ঈচং
মমশিল্লক্লনি, হুল্লসি খপ্লসি মল্লসি হৈ-হা ! ●

# হৈনা নতুং ইল্লক্কে

-থোইবিসনা রাজকুমারী

হৈনা নতূংদি ইন্নিংঙি
অদুবু চৎপদি হৈতবে।
কনান চৎপা তম্বীনি
নখোয়গী নতূং ইন্নব
খোঙথাং চুম্ন থাংদুন
চৎপ হৈব অমত্তসু
য়াওদরে ঙসিগী তাইবংদা।

তিংখংগী লম্বী চৎপদ
চিংনব লৈখিদব থম্মোয়দো
মরু ঈহূন তমখিদবে।
নতূং ইন্নিং-ইন্নিং
ইন্ব ঙমলোইদৌবে মপোকসে।
চীন্দ লাউবদ ঙায়দৌবে
নখোয়গী পাঙ্গল থৌনাদো।

ঐগী ইবালাদ নত্তেকো:
মতমগী কল্লব নুংশিৎন
মাযকৈ খঙদনা হুম্বদ
ফেবে ফেবে হাইবেনে;
ফৈবেং তৃবেং খোঙথাংদ
ব্রান চৎলি লমথুংফমদ।
নতূংদি কন্ন ইন্নিংলি:
ঐসু চৎপ তম্লগ
হৈনা নতৃং ইল্লক্কে। ●

# অচূমবগী দশা

- বিযাজ যাংখুবম

নক্ল-উজবে তাইবংসে
কনাবুসু মরুপ ওইজনিংদ্রে,

নক্ল লৈরম্বনিকো অচূম্ব নহাকসে
অদুবু ঐন পঙলিঙৈ নহাক্তি তামখিরল্লে। ●

# ফিরাল অমা

- শোমানন্দ লৈশাংথেম

লৈবাক ঈরাং থোক্লে
মীয়াম শাথীন ব্লানরে
মী খর পুনশিল্লকই
লূপ অমা হেক্ত শেম্মী
চিংখৎলি
ফিরাল অমা খূৎ ময়াম্ন।
ফিরালদুগী মখাদ
খৎনরকই লাউনরকই
শাউনরকই মথং-মথং
হুন্নরকই পাউচে-চেজাইদ
ফিরাল অদু
অনীথোক্ল শেগায়খি
অদুদৈ মচেৎ-মচেৎ উখিদ্রে
ফিরাল অদু। ●

# প্রজাসু প্রজা ওইরি

- প্রেমিলা চোংথাম

দাক্তরন ক্লিনিক লিংলি
ওজান তুইসন লৌরি,
মহৈরোয় ওইবীনা কাইনেতিক
মহৈরোই ওইবন সিবিজ..।

দাক্তরন ওপরেসন তৌরি
অনাবন পঙথর ফমুংথক্ত,
হিংগৎলক্তবসু য়াওনরি
হিংগৎলকপসু কয়ানি।

খরনা এলবম কুমলি
খরনা এলবম থিংলি,
য়ামতা থৌবন ত্রাফিক্তা য়েংলি
ত্রাফিক্ল রিক্লোদ চৈন কল্লি।

কৈথেল ফম্বীন নুংসাদ ফমলি
'শেল্লেপ মাংবী' খোম্বীনা পৈশা খোল্লী,
মৈরা পায়বিন য়ু থিংলি
ওজান লাইরিক তাক্লি।

মহৈরোইনা ওইরি ফেল
রেদিওদ এইদস থিংলি,
অদুবু নম্বর ফোরদি কাপ্লি লেপতন
খরনা য়ানিংদবা উৎলি।

আর্মি কমান্দোন মীচমদা ফূরী
সনা লৈবাক্লা পুমনম নমলি,
ইম্ফাল সহরন পুমপৎ পৎ লি
ম্যুনিসিপালিতিন ব্রানা খাংলী।

হিংবদি হিংলি অসুম
লায়নাদি অসুম পক্লি
নাপলকাসু অসুম তৌরি
প্রজাসু প্রজা ওইরি। ●

# অমম্ব

- অঙোম সরিতা

উব ফংলমদব নুংশিংকী মচুসু উব ফংলক্লে
মীৎ পাঙন পাঙন।
অমম্বন ক্রক-ক্রক লাকশিল্লক্লবদ
য়ানিংদ-য়ানিংদ নমদুন মায়থীরে
অমম্বগী কুয়োমনুংদ।

পোকপদা ঙায়রিব অঙাঙদগী
শিনম-নম্ব ফাওব
পিকত-পিকপদগী অচৌবা ফাওব
ইফোংহেক ফোংন
ফুরিৎখাউ চপলি।

ফীভম চাদ্রব মফিশিং
লোইশিঞ্জব ঙমজদ
হুরান্ব মশেল হুরানব তান্নে।
অমম্ব কাচিন্দ
তীলাইখোম্বিগী ফুগ্রিদ।

খোৎন-খোৎন
হয়িঙ ইল্লব
মোৎলব মশাদি ময়েঙদ
চান্লব মায়দি ফজনব কেশিল্লী। ●

# ঙসিগী মালেম লৈকোলসে

- হৈস্নাম ওংবী লৈমহন্বী

ঙসিগী মালেম লৈকোলসে
শীংঙেল লৈরাংগী শাৎনফম
পোম্বী চেক্লাগী শৈশকফম
পান্থাশিংগী শান্নফম
মালেম লৈকোয়-পুঙদুনি।

যেন্নিংথাগী অযুক্ত
পামেল ফৈবাথক্কুদ
তঙাংলবী চীনবান্ন
চেক চেক খোংহৌবী
লমগী চেক্লা শকহেনবী!

মপুগী মিংখৈ সোল্লখো
শাখপ তোযন পাইরখো
লৌবি-পান্দোং মথক্ত
নীংঙাইদন ফমদুন
নখৌ পোঙন খোংলখো।

লৌবুক লমহাঙ যেংলখো
তাইবঙ থম্মোয শুমহৎখো
চেক্লা নীংব কাযখিনু।

ঙসিগী মালেম লৈকোলসে
নত্তে মীগী মীহাৎপুঙ
নত্তে ঈগী ঈখেংপুঙ
নত্তে মীগী মীকপপুঙ
নত্তে খুৎলায় চায়নপুঙ।

গুলাপ কৌবী লৈনুংসি
লৈরাং নঙনা শাৎলগ
মপৃগী থৌগল তৌরমখো
পাম্বাগী খোঙলোই ইল্লমখো
শাবী শানৌ কয়াগী
নুংশি শাখী ওইরমখো
লৈরাং মিপাই চাউখিনু;
ঙসিগী মালেম লৈকোলসে
নত্তে ঈগী ঈখেংপুঙ
নত্তে খুৎলায় চায়নপুঙ।

থরায়শিংবু নাউয়োকফম
মিনুংসিগী হৌরকফম
চান্ন-চিন্ন হিংনফম
লাল্লবদ ঙাকপিফম
অরাবদ তেঙবাঙফম
মালেম লৈকোয়-পুঙদুনি।
ঙসিগী মালেম লৈকোলসে। ●

# পণ্ডথরবা থরায়

কে, বি, ইঙারেম্ব

ফোঙ ফোঙ শারব শদুমদো
থরো থরো ওল্লি নাপীথক্ত
হংঙা হংঙা শিথন কপ্লকই
তিংখং তুম্বৌন থল্লব লমহাঙদ।

পাপ চেল্লব নুমিৎ অমদি
ঐগীনি হাযন তম্লুরমাল্লে
য়েংনীংদন য়েংলুবনি চিংনরব মাবু
থাংনীংদন থাংলুবনি চঙনীংদ্রব মফমদুদ।

ফূইন চুব অকম্ব নোংলক্ত
অনেম্ব লমদমদগী চেন্থরকখি ঈখেঙ
খোঙ্গুল লীখি কৈদবু লৈরিব
তমথিব ঈচেলন লোৎশিন্নব হোৎনৈ।

অঙাঙব শদূমদগী চেন্থরকপ ঈ
য়োমশিন্নবা হোৎনৈ অনৈব ঈচেলন
অমত্ত ওইনীংবগী পাপীগী লীচত্তুগ
তূংনব হোৎনৈ মচৌশাগী তম্পাক্ত।

অরাম্বদুগ অনৈবদুগ শদুমদুগ
থাবূম তরা নাউপুরক্তব
নব্রা মাগী লাইবক্ত
লমজা মচা মিংথোল্লকই।

খল্লুবদ থব্রায় পঙথরুই
চিন্তাগী মৈরীন লান্নকই
অব্রাবদ অব্রাব হাপ্লকই
অচুম্বদু অঙম্বন লোৎশিল্লকই।

অশোম্বগী অশেঙব ব্রারীন
মোৰ্গকি থোঙজিন্দ থয়ায়নরে
থৌনাফব অরাম্বগী ফাইলদ
আইনগী থোঙদ লাম্থোরক্লে।

অঙাঙবন অমুব ওনখ্রবদ
অঙৌবগী চন্নফম লৈরক্তে
চন্নফম লৈত্রবদ অচূম্বগী
মীনম্বন পৌরোল থিংখরে।

অঙৌববু অমুবদ লংশিল্লকঙৈ
লাঞ্জদবন ঙল্লিবনি চরা হেন্ব
নুমিৎ কয়া থা কযা
অচুম্ব ব্রায়েল পুথোক্লব।

অচুম অরানগী নাপচৈদ
ব্রায়েল কাতি মাঙখ্রবরা ?
তরেৎ শেঞ্জান কুপশিনখরে
ঙসিগী শেংলবা পুব্রারী। ●

"তাইবংগী চৎনবীসি মীওইবনা শেম্মী, মীওইবনা শেম্বা চৎন পথাপনা মীওইবগী ঙকশমদা থুখ্রবদি অঙম্বগী পাম্বৈ থিরকই" ।

# সহরগী খোঙচত্ত সনবী অনি

- খম্বী চনু চোংথাম

মবুক হামচৎনরব সম্বী অনি।
মপুগী সনগোন্দ পুল্লি;
নুমিত্তুগী খোঙচৎ নিঙশিংনদুন
অন্না পোপথোক্লে
পি তামিন্নে।

চাদবন চরী তৎ-লবা
অহল ওইরবী অঙাঙবী-অরাংবী!
খোংঙথাং মঙম শান্দ্রবী
গারী চিংবদ হৈরব মরেঙ
উরুদে মপু ইবোহল !

য়েত্ত-ওয়দ হঞ্জিন-হঞ্জিন চৈ থাই
চৈনা খাঙন-খাঙন গারী চিংলকই,
ফুনগৎনা খাঙলকই অঙাংবী-অরাংবী
সদৌ থোংলে মরেঙ শুপলে
পিন থুল্লকই মীৎ মরী।

খোঙথাং খুদিং কারল লোল্ল
চেক্কী ময়ি মথক্কুদ
লম্বী য়াৎলি সহর য়ৌনব
অর-তিতী লাউরদুন ইবোহল
লম্বী চিংই সনবী অনী।

মপুগী চৈরাক খাঙন-খাঙন
চৈগী চৈনা ফাওন-ফাওন। ●

# পুন্সি খোঙচৎ

- নিংথৌজম ইঙোচা চকপা

মীন চাবসু চাও,
মীন চৎপসু চৎলু,
পুন্সি মাগী খোঙচৎনি,
অদুবু চেকশিল্লু
অরুব খোঙচৎনি।

লম্লোঙ কয়া ফাংলিব
অচুম্বদি অমত্তনি
তিংখং তুম্মৌনি অতৈদি,
চৎলুরব তুম্মৌরক্ত
ব্রাখল লমফাংনদুন;

নীংঙম্লক্লোই তুংদ
চৎলগেসু ঙমদন
হনগেসু য়াদন। ●

# 'ঙাইব'

- ঐইচ, শরদ শর্ম্মা

**ঐন তাইবং খোঙদারকপদ,**

য়োংহ্লিং-ফলাং চন্দুন লাকখি;
থেংনখিব উনখিব পুন্নসু
লৈরন্মী চৎলন্মী তুফক-তুফাই চন্দুন।

**নীংতম্বগী মহাও ফংব ঙমদন**

চমন্নরব ৱাখল কয়া খল্লন্মী
খাঙ-ঙমদ্রব চৈনা কয়া খাঙলন্মী
হায়নৈ কৌনৈ মদুবু পুন্সি।

**হায়জৈ হংজৈ ময়ামদুদ**

করিগীদমক কনান পুন্সিল্লিব
অসুম্ন লেনব তারব পুন্সিসে
নীংতম্ব হায়বদু খঙব ঙমদন।

**ফংখিদে পাউখুম মতিকচাব**

ঐহাক্ল হংজবিব ৱাহং খরসিগী
খুম্লকই, কনান লাকখিনি মতম
ঙাইবত কল্লু খাঙবত কল্লু।

**ঙাইবত কনব খাঙবত কনব**

হোৎনজবন মহৈ ফংদ্রব পুন্সি
চন্নফম খঙদন মাঙলগদ্র মঙলান
লেপলরবদ ইদোম মোংফমথক্ত। ●

# তেংথাখোল

- খুন্দোংবম ওংবী গুনমনি লৈমা

কদাইদনো কংলৈপাক
কদোমদনো মৈত্রবাক,
কৌনরম্মী নঙবু লাইরৈপাক
পুম্নমক কদোমদ চৎখ্রব,
ওম্নমক কদাইদ লোৎখ্রব
মায়কৈ খুদিং মৈহৌরে,
হিঙসান কুপখ্রে নশাইগোন,
কাংলুপকী ঈরাং,
জাতিগী মুক্রব
অচুম্বন মতাই থংখ্রে
অরাম্বন ময়াই থংখ্রে
মথক মখা ওন্নখ্রে।
অব্রা-মৈশা, হাৎন-শুনব
লেপত্রে নোংমত ঈমা
মীতৈ পোকপী পলেমসে
মনজুনর চরৈ শেংলি
তেংথারি মপারী মমোমগী
অকনবা য়োকপী ঈমান
পিবীরো শান্তিগী খুৎলাই
খিকপিরো নুংশি ঈরিক,
লাউজগে মালেম শিন্ন
কংলৈ ঈমাগী মিংলেন্ন
তাইবং শিন্না ফাওনব
মণিপুর ইমা কংলৈপাক। ●

# সিবু ঐনরনে

- থোইবীসনা রাজকুমারী

চৈবিরনুব ঐঙোন্দ কৈদৌবগে
ঐগী ইরালসু নত্তনা
করিগী ঐঙোন্দ ওনশিন্দুন
হনজিন হনজিন শাউরিবনো ?
পামজরে হাযন খনজদুন
সাখী কয়া থমলগ
চঙহল্লকখিব নংত্রনে নখোয়ন
ঐগী পনখৈ মনুংসিদ,
ঐগীদ চঙলকপ মখোয়বু
তৌনিংবত তৌহনবনি ঐদি।
মখোয়ন খোঙথাং শোযবগ
করিগী ঐঙোন্দ তাইনবিবনো
ঐগী ইরাল করিনো ?
ঐগী পনখৈ মনুংসিদ
চৎপ হৈতব মখোয়দো
চৎপ হান্ন তম্বীখো।
ঐঙোন্দ শাউবগী মহুত্ত
চৎপ নুংঙাইতব লম্বী
মী ঈন্নব মরক্ত
খুদি তোয়ন থিরগ
শাউন পনবিরনুকো অমুক
ঐগী ইমিং চীন্দুদ। ●

# শান্তিগী ৱারী

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

**অচিকপ কাদ শান্নব** **অতোপ্প কনাসু তাব য়াদব**
ৱারীনি ৱারী শান্তিগী ৱারী
লুচিংবা কয়াগী ৱারী
প্রজানা তাব য়াদব।

**লমদম'গী নোংলৈদ লুচিংব'শিং** **ময়োল্লমদ নিরুই অরেম্বদ**
অদুবু মহৌশাগী মহৌশানি
খম্থুবা তৌবিদে মখোয়ন
লেপতনা চৎথরি শান্তিগী ৱারী।

**হৌদোঙন মচাবু নুংশিব** **নুমীৎ হুম্নিদ চাথোকই**
মুইভানা মীরমলেন্দ নুংশিরকই
ইচিন-ইনাউগী নুংশি মরী কোম্লবা
মসিনি ৱারী, শান্তিগী ৱারী।

**মঙলানগী ৱাখলদ** **থম্মোয় মখে লাংলি মীয়াম**
লালগী পাউকৎ য়ৌরকপ
হিঙশার, শান্তির খঙদব থম্মোয় ঙাকনি
মৈনা পুবা লমদমসিগী মীয়াম ।

**হো ইমা !** **খাম্বী মৈবু চাকতৌরে**
ঈংল লাইজ পিবিরো
থম্মোয় লৈয়োল ঈংনব
শান্তিগী উপাল ওইহৌনব। ●

# নোং হাংলবদ

- হাউবম সনাজাওবা

কৌবক্লে ইমানা পাবী ইমোম
ঙাইবক্লি' চীঙখৈহ্নবা পারী 'মোম
থেঙল' তাংলৌদ অহীংগী
লাংওন লংদাইদ ঙসিগী।

মৈকল'শি মীহৌরোল মৈবী
মৈমুংত্রিঙৈ ঈপাম খাম্বী
খোমলেন মীৎকপ থোকলোগব
চহীচা তুমখুন হুল্লিব।

ফৌরক্লি' পাউতাক হিদেন্দ
কংলৈ লনগৈশিং য়োৎগ্রব
মুল'শি খুনুখ্রং শাথুপন
কাঙম্নবা চীঙদোল লোমন।

হুমলক্লে নোংলৈন য়াওলগী
মান্ন' খুনাই লৈঙাকলোনগী
'নৌব চক্কী তোরৈদগী
কংলৈ চীঙলোন ৱাংমদগী।

য়াওল্লক্লে লাইরেল লাব
য়াওল ঈহৌ য়াকায়নব
কংলৈ লমদম চীঙলৈবাক্কী
তুহংপীর' থবায়শিংগী।

চীফেঙলক্লে হুইথৌ লাব
চীঙখৈ ফিদুপ হুন্নবব
পারম পুরম থিবশিংগী
পোইরৈতা ফাংথিবশিংগী।

উবক্লে জাতিগী পনথুং
কাঙমলে লোইবী চীঙদোন থুং
মচুম তাবদ ইপা ইপুই
কোযকুবদ ফাংখোঙ গুরুই।

চংলমলে মাঙদ অথৌবশিং
লাইনিঙহল লমযানব মাযচৌশিং
ইন্নবি মীযাম তুংদ ঙসি
নোং চুদ' নাল্লবদ লম্বী। ●

# থবক্ক থাদোক্লব য়ারোই

- কেশো সিং ইবেংবম

নমু তাইবঙ মীওইপোক্কী পুন্সি!
শাংলব খোঙচৎ অমনি থবক্কী
তাইবঙ শেম্ব মপু মশামকফাওব
মশামক্কী মথৌ থবক পাঙথোক্লিবনি।

খোয়ুম লাই মান থবক তৌরমদ্রবদি
করম্ম তাইবঙপান ওইরমগনি ?
নোংদম্ব মাগী থবক্কী শিনশঙদ
শিন্থা পীদুন থারকপনি মীওইব।

মান তৌজব থবক্কী মহৈ,
অদুম মপীবনি মহাক্কুদ নোংদম্ব মানা।
মী মহাক্কুদদি থবক তৌদব
খুৎশুমল পীদর্বনি নোংদম্ব মানসু।

থবক্ক থাদোক্লব য়াদে তাইবঙমী
অশীবগা পাংখক্লরকই থবক তৌদ্রবদি।
লন ফংহল্লি শুব নোম্ন কনবন
ইনাক কৈরাক খুলহল্লি নিয়ম চুম্বন।

য়াঙন চেন্দ্রবদি অরোইবী থাদুন।
মীমাঙ থাব ঙম্লোই লমজেন্দ
মায় পাক্লবগী হৌফমদি হোৎনবনি
ঙমদব লৈতে হোৎনরবদা

ঙন্নব পাঙ্গল পীরন্নগ মপু মান
নঙন মদু পুথোক্তুন করিগী শীজিন্নদে ?
মালেমসিমক মাগী খুবাক্কুংদ থম্ব ঙম্বদি
অতৈ করিবু লৈরিবগে লৌশিং নত্তনা ?

শাংথ্রবা খুৎশি-নবু মতীং থোক্লবদি লৌশিংগী
কোরৌ নোংমদোন ফাওবা লায়না লাম্ব ফংলিবনি।
পাল্লিব মীৎ উইশিন্দুন মীৎ তাঙহনগনু,
পাল্লিবন মেনশিন্দুন তাঙহনগনু

ফত্তব ব্রাখলগী তুঙনফম খক ওইহনগনু,
অফবা থবক্কীদমক্তা পুন্সি কখোকপ ঙম্মু।
অতনব হায়বসিনা খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবনি,
অপঙব হায়বসিনা খ্বাইদগী শাথীব খুরৌনি।

থবক শুগে নীংলক্লবদবু মীওইবন
অমুক লৈবিবর থবক ফংদব হায়বা ?
পাঙ্গল লৈব মীগীদি অরুব হায়ব লৈতে,
লৌশিং লৈবা মীগীদি ঙমদব হাযব লৈতে।

ব্রাখল থেনব মীনদি লাইবকপু থাজে,
অশিংব মীনদি হোৎনজমনবু থাজে
তাইবঙ মীগী পুন্সি, থবক্কী খোঙচৎনি,
থবক্ক থাদোক্লব খক য়াবোইয়ে। ●

# লোৎফদ্রব

*- কৈথেল্লাকপমচা সনাহোঙব মঙাঙ*

নহাক লোৎকনু নঙাল থুপকনু
তেংবাম্ববু লুচিংলিব তাইবঙ মালেম্মু লমজিঙলিবও ।
নোংথৌ লৈবাক্কি হে অঙানব নহাকপু
হেল্লব শকফম্মু মীৎচান্নব ঙমদবা নঙবু
নঙগী অমঙব নোংলক্কি খুৎলোৎপু নত্তে
লৈচিলন খনবগী খুৎলুমসিন্দু নত্তে
লূখ্রব অতিয়াদ তরং-তরং উবদু নত্তে।

নঙগী কেকু লোৎফম নোংদুমন চাইখায়রকপদ
নঙগী নঙাল থুপফম লৈচিলন পাথোরকপদ
ঈবিক্কি লাং থাক্ নোংফাইগী ফিজঙ খল্লক্লবদ
মচু তরেৎকি চুমথাঙ খল্লকতুনা
মচু তরেৎকি থবী ময়ুম সারকতুনা
নঙগী অশেংব শকফম উৎলকই
নঙগী অরোনব মচুসিং ফোংলকই ।

ঐখোয়গী ঈরৈপাক্কী নোংমদোনথক
ঐখোয়গী খুনাইগী অতিয়া নুং
ঈরমদমবু লৈঙাক্লিবা মীয়ামবু লমজিংলব
অয়ুক্কী নুমিৎ ওইবশিং নুমিদাংগী থা ওইবশিং
মখোয় উবদ লম চায়রি
মখোয় উবদ কোক নোল্লি
মখোয় ব্রাঙাঙ লাইগীনি খল্লি।

অচিক-অশা খায়রক্লব ঈরৈপাকসি
নোংলৈ-নুংশিৎ শিংলক্লব খুনাইসি
তপথদ্রব মীয়াম লম্মুক্লরব মীরোলসি
মতমগী ঈরিক-লাং সল্লক্লনি
নোংফাইগী ফিজঙ খল্লক্লনি
চুমথাঙ খল্লসি থবী ময়ুম সারসি
লাইরমলেনগী খুবাক্তো খুরগে। ●

# মঙাল

- থোইবীসনা রাজকুমাবী

মঙাল অম উখি
লেপ্তুন চেন্থখিব পুন্সি ঈচেলদ।
লেপ্তু খোঙচৎকি খোঙথাংন
চঙশিনখি খঙহৌদন মঙালগী মাযকৈদ,
খোঙথাং !

অমত্ত নত্তে অনি
অনিত নত্তে অহুম
অহুমত নত্তে মবি
মবী-মবী-মবী-মবী।
চঙশিনখি লেপ্প লৈতন
খোঙথাং চান্ম চান্ম
মঙাল মায়কৈ তম্ন।

অদুবু... অদুবু... অদুবু
খোঙথাংশিং অদুন পন্থুং য়ৌদ্রিঙৈ
মমি শান্নক্লে মঙাল অদো
লম্বী লমাঙনগদৌবে লমখাঙদা।
কদায়দনো কদোমদনো মঙালদুবো ?
লমজীং ওইদুন লাকপনি মঙালসিদ
পুন্সি খোঙচৎ কয়া কয়া।

অদুবু মাঙলমগদ্র অরেম্বদ
পম্বুং য়ৌবা ঙমদন;
হন্ব তারগদ্র অমুক শমায় লৈদুনা,
হল্লগদ্রনে অমুক নীংহন্ননা
পোকপগী মহৈ য়ান্দব
পুন্সি অমা ওইন
পুন্সি খোঙচৎ কয়াশে।

হুং! হল্লোই হল্লোয় !
খোঙথাংশিংসে কৈদৌনুংদসু হল্লোই
অমুক শমায় লৈ-নীংহন্ননা
মাযথিবব লান্মী অমগুম।
মায়োক য়ারমগনি য়েক্ল'লালফম মযায়দ
'দুগ মায় পাক্লব লান্মী অমগুম
চৎখিগনি মঙালগী মায়কৈদ নোক্ল-নোক্ল,
খন্ন, লেপ্প লৈতে
চঙশিনখ্রি খোঙথাং কয়াদো।

চঙশিল্লগদি খর নক্ল
তারক্লে অঙকপ খোঞ্জেল অম !
এঃ মসিদি কবিনো ?
ওঃ খঙলে অতোপ্প খোঙথাংগী
মখোল অমনি 'সিসু।

চৎত্রিব মখোয়দি করিগী
চৎনব ময়ামগী লম্বীসিদ,
চৎলিব করিগী হুরানবগুম
অরোম্ব লম্বীদ কনা খঙহন্দন;

থোক্লকখি ব্রাহংসিমক খঙহৌদন
খোঙথাং কয়াগী, চীন কয়াগী মরক্ত
নাশোন পিক্ল শেংফাত্তব খোঞ্জেলদ
হোৎনরক্লে মুৎথৎনব মঙাল অদো;
পুক্সি খোঙচৎ, খোঙথাং কয়াগী
লমজীং মৈরা ওইরিবা।

'করিগীনো' খল্লম্ব মীখুৎ চঙব ওইরল্লে।
অদুবু নীংহন্নবদি লৈতে খোঙথাংশিং অদো
লেপ্তুন চঙশিল্লক্লি মঙালগী মায়কৈদা।
খুৎ থোক্লরক্লে থংনব মীৎকুপ্ত
অরোম্ব খোঙথাংগ, অরোম্ব খোঙচৎকা।

ঙম্নরোই কৈদৌনুং মুখৎপ
মঙালগী মৈরা মখোয়ন।
কন্ন হোৎনদুনসু মখোয়ন মুখৎনব
মুৎপ নাইররোইদব মঙালনিসিদি
মঙাল! মঙাল! মঙাল ! ●

# রাশক

- ইবোসনা খুমন

নত্তে মিৎকী কাজল
চেন্থরকপ ইখেঙন
কংশিনখিবগী মচুনি,
নৎতে লাইবক্কী বীন্দি
অমিগী নোংমৈ গুলিন
পানখিবগী দাকফমনি,
নত্তে চিনবান মযাগী শম্বু
সঙ্গিলন থিনখিবগী অহোব মখুলনি,
তমথিন ওৎপি-নৈবিখিবন
পুমথরব হকচাঙ পোলাংনি।
লম্বীদ মচেৎ-মচেৎ তারিবশি
মসি নঙগী নচানি
মানি নচাগী হকচাঙ পোলাংনি
ব্রাখল চোইরবী ইমা !
নোংম শোইদন শিরগদব
মীওইবগী মপোক্লি।
অদুবু, নিঙদি নিঙমখিদ্রে ইমা !
মীশি অশিগীদমক।
মীহাৎ অশিগীদমক।
অদুবু ইমা !
ঐ কপতি কপলোই ! ●

# মন্ত্রি অমসুং প্রজা

- খুন্দোংবম ওংবী গুনমনি লৈমা

ভোত লেপ্লি শেল তিংন
মায পাক্লে সবকার পায়বে,
শেল পাযবে মথোল ৱাংলে
প্রজা কিরে বোদিগার্ড থল্লে।
প্রজা ঙাক্লব পায়রিবা নোংমৈ
ওইরে প্রজা হাৎনব;
নোংমৈ কাপলে মী শিরে
লশ্মী থিংলে কার্ফিয়ু থল্লে
ব্লোকেদ তৌরে মীয়াম ৱানরে
মীগী মমল এক্স গ্রেসিয়ান লেপখ্রে,
তলব ফংদ্রে কর্ম্মচারী শাউবে
পোৎ তাঙলে সরকাব চৈবে
প্রজা শাউরে সরকার কায়রে
মন্ত্রি কপলে, মেম-সাহেব শাউরে
সবকার চোংলে মন্ত্রি ওইনব
প্রজাসিংন শাউরে
লৈবাক কাংখোং চাইবে। ●

# কংলৈ ঐগী ইসুমাঙদ

- অরাম্বম-চা তোমচা লুৱাং

হাদ পোক্লফম লমদম

য়েংলু খুদিং ঐহাক্ল
লৈবম্মী অতাম্ব চীংদ;
নুঙগায় লোকচপ সুরুংদ
থিরকসনু হায়ন লোৎপবা
সাফব লৌসিং'ব ইদুনিংথৌ
ঈপা-ঈপুগী লাইফমদি,
তরাইদেদো খোঙ্গুন লীবদ
থৌদাং লৌসিং য়েংবরা ?
ওইরকসনু খনবরা কংলৈচা পুম্ব
সাফবা লৌসিং'ব ইদুনিংথৌ
কৌরক্লে ঙসিদি ঈমান
কংলৈ ঐগী ইসুমাঙদ। ●

# মিনুংশি

- যুম্নাম চনু উত্তম্বালা

মাঙখ্রে খুন্নাইসিদ
লৈতবে ঈবমদমসিদ
লৈখরে লুপা পৈশান
কুপখ্রে মণি মুক্তান
নিঙথিববী মিনুংশিগী লীচত্তো ।

মপা মচা মশক খঙনরক্তরে
মাচন-মনাও লৈবকতবে
মাঙখ্রে শাগৈ-নাতৈ
নাথৈখ্রে অপুন্বগী শক্তম
অসিবা ফজবব মিনুংশিগী লীপুন্দো ?

অনৌব চহীচাগী শক্তমলা
কুনমাথোইসুব সেনচুরীগী মপাউখোল্লা
নিউক্লিয়ব মতমগী খুদোল হায়বদুবা
ইনতবনেত এজগী অওনবরা
মসিন; মসিমক্ল ওইরগদবা ?

অপুনবগী
মিনুংশিগী
লীচিং অদো। ●

# নীংতম্বন কৌরকপদ

- আই সি অসেম

ইংথমথাগী ঈংবন
তবত-তবত চিংশিল্লব অযুকসিদ,
পাবব
মল্লব
ইশে-শেগাযবব ফিজেৎনবদুন
তহ্না-তহ্না চেম্ভোবকই,
অদুগ
মচীন্দ খাঙঙমদন লাউবকই-
খাঙব ঙমদবে
ওমচাক্লবক্লে থম্মোযনুংসে;
কনাসু ইন্নবক্তে
অঙাওবগুম খন্নে
মূন-মূন যেংনৈ
মুসুক-মুসুক চিবোন-চিবোন ঙাঙনৈ;
নুপাসি মথৌনাদি ফবম্ব যাই
মখূত্ত ইহাঙ হাঙলি। ●

# খঙদে কয়াম কুইন তুম্লুরব

- শোমানন্দ লৈশাংথেম

ঈপান থম্লম্ব ইংখোলনি
ঈমান খারম্ব সম্বলনি
ঐখোয়গীদমক লৈঙী চিংদুন
য়েক্লব কয়াগী মখুৎতগী
ঈগী থাঙশাং য়ুংদুন।

ইদুন থম্লম্মী
পুৱাবী কয়া
কোনুং কযা থায়নগী মল্ল' লৈকোলদ
ঐদি ঙসীদ মিকপ থোরকলি
খঙদে কয়াম কুইন তুম্লুরব ।

ঐগী য়ুম
ঐগী ইংখোল
লৈরমলে, 'অতিথি' শিংগী
ওইরমলে মখোয়গী পোত্থাশঙ।

হৌজিক ঐ
কবি অমুক হায়ব ঙমগনি
মখোয়গী থাঙশাংগী মমাঙদ। ●

# পুন্সি খোঙচৎ

- ক্ষেত্রি চাওথোই

পোকপ শিবগী লংদাইদ
শ্বর ফুইন হোন্দুন
শিন্থা পাঙলি পুন্সিন
কৈশুম শঙগী চেকপলনুংদা।

কনানসু ঙমদে লান্থোকপ
ৱাংলব চেকপলগী
অসুম চৎকদবনি চক্রনুংসিদ
লিলা য়াওব লাকপনিন।

লান্থোকখিনি থৱায় শিরবদ
লৈহৌগনি হকচাঙন লেঙদন
তাউথহনব ঙমলোই ঈচেলন
হুমখিব থোকলোই নোংলৈন।

থৱায়গ হকচাঙগ কায়নগদব
অৱাবন থল্লব চক্রনুংসিদ
পুন্সিন চৎলি ৱান
অৱাবগী ঈপাক লান্দুন।

লংলব মঙাল অম
ফংগে খন্ন ফংঙমদব
তান্নরি পুন্সিন ব্রান
অব্রাবগী ঈপাক ঈয়াইদ।

মমল-লন্বী লমফাংদ
তিংখং তুমবৌ মরক্ত
তুরোয় ঙামলোয় পুন্সিন
খোঙথাং তমলি ব্রান।

অকুৎ অতোঙ লম্বীদ
খুর্জি পায়রি শক্তিন
খুৎলৈ কাখৎলি ব্রান
পুৎথহল্লি হেনন লুবদ।

অঙানবন লৈরি তুংদ
অমম্বন থৎলি মাঙদ
হুমলকলি কল্লব নোংলৈন
চৎলি পুন্সিন ব্রান। ●

# মীতৈ লৈমগী মপারি

- তখেল্লম্বম রিনা চনু

মীতৈ লৈমগী মপারিশিং
লমদম কৈদ চৎখ্রবগে ?
মায়কৈ কদোম পাংখ্রবগে ?
তাকপিয়ু লম্মাংনর ঐঙোন্দ।
শোন্নবদাই, নওগী ৱারীদি
সনা লৈবাক কংলৈপাক
লাইন শেম্বা লমদমনি
মরৈপাকনিংব অথৌবশিং
ঙম্ম চৎখ্রে ঙম্ম মাঙখ্রে।

হায়নবদাই ইমা,
খঙদব কনান
চৎতে মখোয় লৈরি লোত্তুনা
মুৎখ্রে নীংলুই মখোয়গী খোঙ্গুল
মযেকতি হেন্ন-হেন্ন লারক্লি
মুৎপ ঙম্লরোইদব খোঙ্গুল ঙাক্তনি।

হায়নদাই,
লেপ্লাইদ্রব পুন্সি খোঙচৎ
থোরকখিগনি শোইদন
পুন্সি শিম্বা পাঙনব
মীতৈ লৈমগী মপারিশিংদো
লাকখিগনি পলেম লমন শিংনব
পন্থৌ খোঙ্গুল লীরনব। ●

# নিঙশিংলকপ

- ইবোসনা খুমন

ঈগ নোংমৈগ অনিগী মরক্তা
মৈবী থোক্ল চাক্লী মৈনম্ন
অদুগ, ইকথরব হকচাঙন
মহাক্কী কৃ শঙদুন।

তন্দনগুম কুফেৎ-কাফেৎ
লিক্লাগুম তনিক-তনিক
চেল্লি নৱাশিং
স্বব চেনগুম-চেনগানন।

পোখাইবগী খোঞ্জেল্লক্তা
মীহুন শুদ্রি ঐগী থবায়;
নীংশিংব থোক্ত্রব ৱারিগুম
চঙক্লরি ঐগী ৱাখলন।

অদুগা থৱায়ন অমুক
লঙহিমুক্তং চাউন
চৎলি অশিবশিংগী মরক্ত;
মীহুন য়াওদ্রব হকচাং পুদুন।

ৱাখল পুম্ব মমশিল্লক
থৌন পুম্ব মাঙশিল্লক
মীকুপ্তু নিংশিংলকই
থৌনা ফব পাঙ্গলবদো লাকচখিব য়াদবদো। ●

# নুংদ

- থোইবীসনা রাজকুমারী

লোয়নরক্লবসু পোকপদগী নঙগ
ঐসে নঙগী কনা নত্তে
য়েক্লবনি ঐদি নঙগী
কৈদৌঙৈদসু ঙমলোই নঙনা
ঐগা হবাওনা লোযনবা
মতম খর লোয়নরম্লবসু
মায়থিগনি নহাক হেক্তা
নঙগী অচেৎপা থাজবন
পাঙ্গল লৌশিং ওইদুন
ঐবু চেৎন কোল্লগ
হরাওহন্নব লাক্লরবসু ঐদি
ইনিং ইখা তম্বীনি
নঙন ফাব ঙমলোই
অমুক্তং কন্না হোৎনদুন,
ঐবু চেৎনা ফারগ
মায়থিহন্দুন ইনিং তম্ববু
নঙগী নিতি-নিয়মদ
হরাওহনব ঙম্লবদি ঐবু
মতম চুপ্পগী ওইন
য়াইফব ওইরে পুন্সিসে
অরাব হায়দো লৈরবোই। ●

# খেন্নবন ওজানি

- তখেল্লম্বম রিনা চনু

অচৌব কৌব লৈরমদ্রব
অপীকপ মাসু লৈরমলোই,
অকুৎপ কৌবা লৈরমদ্রব
অতোঙবদি অমত্ত লৈরমলোই,
ফজব কৌবা লৈরমদ্রব
উরমলোই অথিব মাসু,
নুংশিব কৌবা লৈরমদ্রবা
ইনাকখুনবসু মমীং লৈরমলোই,
মহৈরোয় কৌব লৈরমদ্রব
থাজব্রনে ওজাবু উরমগদ্রা ?
মীওইব ঐখোয় লৈরমদ্রব
তাইবং মপুসু লৈরমলোই,
ইমা ঐগী লৈরমদ্রব
তাইবংপানগী মশক খঙলমলোই,
করিগুম্ব ঐ লৈরমদ্রব
শৈরেং অসি ইরম্লোই। ●

# খোঙচৎ

- অঙোম সারিতা

যাত্রিক্লী

নঙ অমসুং ঐ

লমথুংফম মান্নদ্রব খোঙচৎত

চৎমীন্নরম্বনি

সুপ্নগী লম পূল্লম্ব মতেক অমখক্তং

খোঙবু ওইন।

য়ৌরক্লবদ খাইন লমখায়ন

চৎনখিনী

কনান কনাবুসু হন্ন য়েংনরমদনা।

# থৌনাফব কনানো ?

- ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

লমগী সনদি মচী শাংঙী

থেংলুব খুদিং হেক্ত শোকই

করি পোৎশকপু য়াওরিব মঙোন্দ ?

ইপা-ইপুগী সনদি মচী শাংহন্দে

থৌনা হাপ্পিদে, অরাপ্পদমক লাঙতক্লে

পিবীদে অফব চীঞ্জাক, মপুনা

থৌগলদি তৌবীদে, ফমথোন্দি কাখৎনিংঙী

অদুনা মচী অনীমক তেকলকই

মথী অপেৎপা চিৎলকই, লৈখোম-লৈনাঙ তৈরকই।

করম্ব শায়োন কৌবগে

নঙগী নচাশিংগী ৱাংউলোন

ঐতনা তেংথাজে মীনদি নোক্লি

অঙাওবনি হায়দুন । ●

# পুন্সি

- শগোলশেম তরুনী

পুন্সি !
ঙসিদি খঙহৌদে
খঙনুং নুংশিরকই
খংপাম পাম্মুরকই
খঙহৌদে ইথক ইপোম
হৌরকই নুংদাংৱাই মতম অসিদা
মথং মথং খঙহৌদে
মরি মরি চঙলকই
অঙকপনি পুন্সি !

কয়া নুংশিখ্রবা
মীওই পুন্সি
লমশাং কয়া চৎলক্লে
চীংশাং বাকুনী মহাদেবগী
কামিন্নখি পনথৌগা
চীংখৎপিখি খুৎপাইদুনা
মহাদেবগী নাকতা ।

ইমা ইপা শাগৈ নাতে
পুন্ন লৈমিন্নখি
নোংমদি খনখি অঙাঙশিংবু
তাকপি তম্বীগে হায়না
ঙকখরেদকো পুন্সি
পুন্সি পুন্সি পুন্সি !
চৎলি নোংমনা
মণিপুর ইমা লোক্তাক তম্না
তোংজখি হি-কয়া মতমদুদা

নুংশিজখি ইমা মণিপুর
মীপান তাংবা হৈত্রবা
ঙকইদকো হে পুন্সি !

নোংমানা ইশা ফন্দোক্তুনা
পাইখি লৈবাক কযাদা
চৎখি মফম কয়া উন্নখি মীবৈবাক মচাশিং
লেনখি মতম্‌দো নুংঙাইনা ।

লমশাং কয়া চৎলক্লে
উমং কয়া নুংজু নুংশা খাক্তনা
অৱা নুঙাইবা কয়া মায়োংয়া
হে পুন্সি নংগা ঐগা
পুন্না লৈমিন্নরে
চৎমিন্নরে, চামিন্নবে হে পুন্সি !

চারিধাম কোইনা চৎতুনা
মিনাক্সি, তিরুপতি
থুংনবা চৎচদুনা
খুরুমজৈ মনজদেবী
হায়নৈ নিংবা থুংই
মনজ দেবী খুরুম্বা
চঙজরুই বুধদেবগী
মফমদা।
ইশা ফন্দোক্তুনা
ইবমদম য়োকখৎকে খন্দুনা
মফম খুদিং তেমশিংনরুই
লৈবাক কয়াগী মীওইশিংগা
য়েংজরুই স্বামী ফিললেন্দ !

মণিপুর ইমা নুংশিবী
খনজখি ইমাবু য়োকখৎকে
খনখি মমিং লৈহনগে

পৃথিদা ইমাগী
পাইরুই কোলামপুর
মিংচৎ পুরকখি।

ওইগে তমগে খল্লুই
মারগেট থেচর
খল্লুই নুপীরক্তগী অহেনবী
মচা ময়াম খনবদা পোত্থাবা
ফংজদ্রবী ভারত মহাসাগর
পিরাং তৎতনা সিন্থবদো
য়েংজখি ঐনা ।

নিংথৌ শাগৈগী ইখেঙনা চেল্লবা
লৈবাক ঙাক্লমচা হৌজিক্লা
শা উচেকনা শানফম ওইরবা
গোল কুন্দা য়েংমিন্নরুই
শান্নরোই কয়াগা।

কদাই মদু পুম্বা লোইনা হৌখরে
তুংনা থাপহৌরে মাঙনা নকশিলক্লে
ব্রাখল লামুক্লরিঙৈ তৌদৌবা থবক কয়া কয়া
তৌহৌদনা হৌখ্রেদো ।

তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা
ঐগী পনথুং হৌরক্লে
খঙহৌদনা লৈরমলে
পম্থুংফম ঐগী
নুংশিখরেদকো পুন্সি
অসিরা পুন্সি হায়বদো
ঙসিদি পুন্সি নঙবু
নুংশিজৈ পাম্মুজৈ
হে পুন্সি! ●

# থৱায়গী মবেন্ম

- তখেল্লম্ব রিনা চনু

ঐগী থৱায়গী মবেন্ম
নঙ-মুক নুংশিবসে
কদাইদগী লৌরুনি,
লমদম কৈদ লৈবগে
মফম কদাইদ ফংবগে ?
নঙবু থিবদ
হকচাঙ পুম্ব চোকথরে
লৈমাইথক্তা ওল্লদুন
অৱা মৈশা খাঙলদুন
খাঙলি মতিন-মন ওরো-ওবো....।
লৈহি অমুক ফংবদ
লৈত্রে মসিদগী হেনব নুঙাইব,
করি অমুক লৈরমখিগনি
মানি মহাক্তি মতম পুম্বদ
ঐগী থৱায়গী মবেন্ম।
নঙগী লৈহিন ওইহনবিরে
ইশান ইশাগী কৃ মরুপ,
ঐন নুংশিরবসু মীয়াম্নদি
তুক্কচনবী থৱায়গী মবেন্ম। ●

## KOURAKLENE KANGLEIPOKPI IMANA

(কৌরকলেনে কংলৈপোকপী ইমানা)

*Yelhoungeidagi Meihouroldagi*
*Panminnarakpadai leibaksida kangleisida*
*Chingda leire Chingmee, Tamda Leire Tammee*
*Salai taretki machin-manaosing*
*Leiminnarakpadai Leibaksida kangleisida.*

*Tamthiba Matamgij Nungsitlakta*
*Yelhoulaining tungsinaram*
*Lambee Amamamda Chatnakhibadai*
*Nongleiduna Shingchep Yungsinkhibadai*
*Nungsiraba Ichin-Inao Tamnahan khibadai.*

*Ngasidi oire matam shingchep satminnaba*
*Paree-Puree khunamda chatminnaba*
*Ipa-Ipugi khuphamda hanjinminnaba*
*Meehourolgi Tabu hangdokminnaba*
*Numit-Thagum thokminnaba,*
*Nungsa-Thabalgum Nganminnaba .*

ꯀꯧꯔꯛꯂꯦꯅꯦ ꯀꯪ ꯂꯩꯄꯣꯛꯄꯤ ꯏꯃꯥꯅꯥ

পাবিরিবা!　　　　পাবিরিবী!

'কলম'না খোমজিনজবা শৈরেং নিফুহুমদোইগী
'অয়ুক্কী নাচোম' লৈখল-লৈকাশিং
মীৎয়েংও তাবিরবা তুংসিদা
অদোম্না করি খনবিবা
অদোমগী নীংবিরবশিং
নত্রগা
অদোমগী ইহুল শৈরেং
ইবিরোইদ্রা অহাংবসিদা



